# আঁধারে আলো

( অমম্বদা মণ্ডাল )



শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

ছন্দোকচরা—

রঘুমণি শর্ম্মা

কোংজবী—

শ্রীমতি সনাহনবী দেবী

ব্রহ্মপুর, নহাবম।

অহানবা খুৎসম--

১৯৮৭ ইং




কোপী মশিং ৫০০

মমল লুপা ১০/-

ফংফম—

দেবলা বুক স্টোর, মসজিদ রোড।

নম্ফম—

দেবলা প্রেস, পাওনা বাজার।

# য়াহৈ অনিদং

মুপীগী লমচৎ-শাজং য়েকপদা থোইদোক্লা মমিং লৈরবা সাহিত্যকার শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী "আঁধারে আলো" (অমম্বদা মঙাল) হায়বা য়ারীচনি। মশক নাইবা অইবা অমগী লাইরিকপু অতোপ্পা লোন্দা হন্দোকপা হায়বসিমক থোইদোক্লা অশোয-অঙাম থোক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। অদুম ওইনমক লাইরিক অসিদা পীরিবা মমল নাইত্রবা মহাওদু পামজক্লবনা হন্দোক্লুম। পাঃবিরিবশিংগী মিংয়েং মাংদা লাম্বোকচরিবনি।

হন্দোকচবা—

# অমা

মহূ য়ায়া কুইরবা থোঁদোক্লি। সত্যেন্দ্র চৌধুরী জমিদারগী মচানুপানি. বি, এ, পাস তৌরগা মযুমদা চংলুই, মহাক্কী মমানা হায়রম্মী, "নুপীমচাহূ তশেংনা লক্ষ্মীনি— নুপামচা, বা তাও, অমুক্তদি মশক য়েংলুচো।"

সত্যেন্দ্রমা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "নত্তে ইমা, হৌজিক ঐ করিগুম্বা মওংদম্ভ ঙম্মোই। মহূ ওইম্নবদি পাস তৌবা ঙম্মোই।"

"করিগী ঙম্মোইদৌরিবনো? ইমৌনুপীনা ইনাক্তা লৈগনি, নহাক্না লাইরিক তমদুনা কলকাতাদা, পাস তৌবদা নত্তোন্দা অয়েংপা লৈগনি হায়রবা ঐদি থনবদা থোক্কে, সত্যেন।"

"নত্তে ইমা, মহূ থুদোংচারোই— হৌজিক ঐগী মতম লৈতে।"

অম্মুয়া কয়া ঙাংনা ঙাংনা মহাক মপালদা থোকখি।

মমানা হায়রকই, "চংখিন্নু ঙাইখো, ঈা অতৈস্নু লৈরি।" লেপকক তৌরগা হায়রকই, "ঐনা ঈা লোইনথ্রবনি নুপামচা, ঐগী ইজ্জৎ ঙাক্লবোইদ্রনে ?"

সত্যেন্দ্রনা হক্তিল্লক্রগা য়ানিংদনা হায়রকই, "য়াহং-পাউহংদনা ঈা লোইনরুরিবা করিগীনো ?"

মচানুপাগী ঈা তাবদা মমাগী খম্মোয়দা মৈশা লাংলক্রে, হায়রকই, "মহু ঐগী অশোয়বনি, অদুবু নঙনদি নমাগী ইজ্জৎ ঙাকপা তাই। মহুদা নঙনা লুখ্রাবগী মচা নিঙোলনি, য়াম্না রাজবরীনি— হায়বা ইল্লু ইবুংঙো, যাদবা তৌনু।"

"ফরে, কোম্না হায়গে।" অসি হায়রম্লগা সত্যেন্দ্র মপালদা থোকখ্রে।

মমা ফনা কুইনা তুম্মিন্না লেপ্পুনা লৈ। মহাক মাগী অমত্তা লোকপা মচানি। চহি তরেং-নিপাল শুর মপুরোইবা লৈখিদবা, মহুদগী হৌনা লুখ্রাবা মশামক্লা নায়েব-গোমস্তাগী মতেং লৌহুনা চাউরবা জমিদারিহু শাসন পুরক্লিবনি। মচানুপা কলিকতাদা লৈহুনা কলেজ তম্মী, বিষয়-সম্পত্তিগী করিগুম্বা পাউ অমত্তা মহাক্লা লৌরবা লৈতে।

মমানা মপুক্লিংদা থজ্জরম্মা, মচানুপা উকিল পাস তৌরগা লুহোংবিগনি, অদুগা মমৌনুপীগী মথুংতা জমিদারি অমসুং ইমুংগী থৌদাং পুম্নমক শিন্নদুনা পোথারগনি। মসিগী মমাংদা মহাক্লা মচানুপাবু য়ুম্বালহল্লবদি অরাংবা থাকী শিক্ষা তানবদা অকায়বা লৈগনি। অদুবু তায়োম্নবা মওংদা থোক্লরে।

মপুরোইবা শিগ্রবা তুংদা য়ুম অসিদা অসুক কুইবসি কবিগুম্বা থৌদোক অমত্তা থোক্লি।

নোংমা করিনো ব্রত অমগী উপলক্ষদা খুঙ্গং হুপ্পা নিমন্ত্রণ তৌবম্মী, নোঙ্গাগ্রবা অতুল মুখ্যোগী লাইরবী লুপ্ৰাবী নুপীনা চহি তরামাথোইদা ভাইরিবী মচানুপী পুদুনা থোরম অদু শরুক যাবা লাক্লম্মী। নুপীমচা অদুবু মহাক্না খোইদাজরম্মী। নুপীমচাদু শুপ্নগী বক্রিংভাই লৈতনা ফজে, মদু নত্তে, অদুক পিক্লিবী নুপীমচাদু মপাল নাইদনা গুণ চেল্লি হায়বা অদুম্মু বাবী-বাতাই অনি-মরিদং শানবদা মহাক্না খঙবা উম্লম্মী।

মমানা মপুক্লিংদা হায়জরকই, ফবে, হান্না নুপীমচাদুগী মশক উহনখিগে, অদুগী মতুংদা কমদৌনা পামদবগে য়েংবা হায়বদুনি।

মথংগী নুমিংকা নুমিং য়ুংবা মতুংদা সত্যেন্দ্র মমাগী বাদা চাক চাবা চংলকপমক্তদা নূংবংননা লেপখ্রে।

মহাক্না চাক চাননব শিন্দুনা থনখ্রিবা মতুগা হেক মায়োক্কনা ফিদা থাদুনা বৈকুণ্ঠগী লক্ষ্মী দেবী হীরা-মণি-মুক্তানা লৈতেংহনা কমহন্দুনা থনখ্রি!

মমানা ইমুংদা চংলক্রগা হায়রকই, “চাবরো।”

সত্যেন্দ্র মঙযাওনখ্রে। মহাক্না ইক-আক ভৌনা হায়রকই, “মফম অসিদা করিগীনো, অতৈ কদায়দনো ঐগী চানবা শিনবিয়ু।”

মমানা মোমোন নোক্লা হায়রকই, "মহাক ভশেংনা লুহোংবমক্তি নভ্তেদনা—অস্মুক পীক্লিবা মুপীমচা অসিগী মমাংদমু অমুক ঈকাইরিমাল্লে !"

"ঐ কনাবুস্মু ঈকাইদে।"

অসি হায়রগা সত্যেন্দ্র ইশুক ঙকথমা মমাংদা লৈরিবা কিদাদা কম্লরে।

মিনিট অনিগী মমুংদা মহাক্লা চাক-ইশ্নাংদু কয়িগুম্বা মওং অমদা মচিন্দা-মনাতোন্দা অফং-অফংবদা কিং কিং নমশিল্লগা ফুক হৌগংল্লে।

মপালগী কাদা চংলকপদা উরে, চৈরক অদুদা মরুপ-মপাং থরা তীল্লম্লে অমম্মুং চৌবরগী লাইয়ুম থারম্লে। মহাক্লা অহানবমক্তদা হায়রকই, "ঐ কম্বা তুপঙম ঙম্লোই—ঐ কোক য়াম্না চিকই।"

অসি হায়রগা মহাক লময়াই মচি অমদা মোন থাংদুনা মমিং উইশিন্দুনা হিপল্লে।

মরুপশিংগী মপুক্লিংদা হাইফেং ঙকচাম্মৈ অমম্মুং মী য়াংপদগী চৌবরগী লাইয়ুম হৌগংলগা শতরঞ্জ শান্নবা কমল্লে।

সন্ধ্যা কাওবা য়াম্না লাংই, অদুবু সত্যেন্দ্র অমুক্তম্মু হৌগংলক্তে, অমুক্তম্মু হংলক্তে—কনানা পোৎরবগে, কনানা থোইরবগে। ঙসিদি মহাক পুম্নমক অসিদা হৈমিংবা পোক্তে।

মক্পশিং চংশ্রবদা মহাক ইমুংলোমদা চংলকপদা চুমত্রিংনা মশাগী কা তম্না লাকই, পোং-চৈ থক্ষম কাগী মাজোলদগী মমানা উরহুনা হংলকই, "হৌজিক্কা তুম্বা চংলব্রনে ?"

"তুম্বা নত্তে, লাইব্রিক পাক্লগে। এম, এ, তম্বা অরাম্ববা মত্তেদনা। মতম মাংহল্লগা ম্বাগদ্রা ?" অসি হায়দুনা অরোনবা ইঙ্গিত অমা উৎলম্লগা মখোঙ গম গম থাংদুনা মথক্কা কাখৎখ্রে।

পুংখায় অমা হৌখ্রে, মহাক পরেং অমা ফাওবা পাদে। টেবিলদা লাইব্রিক ফাক্তোক্লুনা লৈ, চেয়ারদা ঙাথবহুনা মমাই নোনখৎতুনা ম্বাখলদা লুপতুনা লৈ, খঙহৌদনা মাগী ম্বাখল অহু কায়খ্রে। মহাক্কা মনা থাজৎতুনা তারকই— ক্রিং ক্রিং। মিংকুপমুক লৈরগা অমুক— ক্রিং ক্রিং। সত্যেন্দ্রনা হৌগৎতুনা চুম্না কম্লগা য়েংলকই, খোঙদগীনা তোন ফাওবা লিক-কোলনা লৈতেংলবী লক্ষ্মী দেবীগী মতৌগুম্বী মুপীমচাহু তপ্না তপ্না মনাক্কা চংশিলক্লুনা লেপ্লরে।

সত্যেন্দ্রনা মিংয়েং হোংদনা য়েংহুনা লৈ।

মুপীমচাহুনা খোজেল পিক্না হায়রকই, "ইমানা অদোমগী মত হংলকই।"

সত্যেন্দ্রনা মিংকুপ অময়োম ভুম্মিল্লা লৈরগা হংলকই, "কনাগী ইমা ?"

মুপীমচাহুনা হায়রকই, "ঐখোয়গী ইমা।"

সত্যেন্দ্রনা করি হায়না খুমগদগে হায়বা খুদক্তা পাক হেক খনবদা থোক্রে, ভাইহাক নৈরগা হায়রকই, "ঐখোয়গী ইমাদা হংলবদি খঙবা ঙমগনি।"

মুপীমচা অন্থ চংখিবা উবদা সত্যেন্দ্রনা খঙহৌদনা হংদোকখ্রে, "নহাক্কী নমিং করি কৌবগে ?"

"ঐগী ইমিং রাধারাণী কৌই।"

অসি হায়রম্লগা মহাক চংখ্রে।

# অনি

ঈরিক অমত্তগী মশক ওইরিবা রাধারাণীবু থোক লাক্লুনা হৈদোক্লম্লগা সত্যেন্দ্র এম, এ, পাস তৌননবা কলিকাতাদা চংখ্রে। বিশ্ববিদ্যালয়গী পরীক্ষা পূম্নমক লানখৎত্রিবা ফাওবদি করিগুম্বা মওংদম্থু লুহোংলোই, মতুংদম্থু ওইথোক্লদবা য়াই। মহাক লুহোংবা গুপহোং হোংলোই। মরমদি, সংসারদা পুনশিনখিত্নুনা মীওইবনা মশাগী মতিক-ময়াই মাংহল্লে, অসিনচিংবা, অসিনচিংবা।

অত্নুম ওইনমক নিঙ্কোক নিঙ্কোক্লুনা মহাক্কী থম্মোয় 'পূম্বা মওং অমা তৌবগুম তৌরকই, কদায়দবু ওইরবস্থ কনাগুম্বী নুপীগী মশক হেক উক্রুবমক্তুদা অতোপ্পা য়াম্না পিক্লিবা মাইথোং

অমা মাগী মিংয়েং-মাংদা কাত্নু-কাল্লল চৎলন্থনা মহাক্কুবু খল্লিন্দুনা মতোমতা ঙাইহৌরে ; সত্যেন্দ্রনা মূর্ত্তি অদুবু কাউথোকপা শুপঙম ঙমদ্রে।

মতম পূম্নমক্তা মহাক নুপীদগী থাপ্তোক্লা নৈরক্লিবনি ; ইথঙ খঙহৌদনা মহাক্কী ফিভম অম্ম্মা ওইরক্লে মহুদি, লম্বীদা ঘাটতা কদায়দবু ওইরবম্ম্ মরু ওইনা চহি মতাং অমগী কনাগুম্বী চন্নুরা হেক উবদা মহাকপু মুম্না য়েংনিংবগী অপাম্বা পোক্লকই, লিশিংলক হোংনহনম্ম মহাক্লা করিগুম্বা মওংদম্ম্ মিংয়েং হোংবা ঙমদে। য়েংনা য়েংনা খঙহৌদনা, ওইরম্বা য়াই ঈকাইরক্লুনা, মশা 'পূম্বদা হম্না হন্না মতু চুংলকই, মহাক খুদক্তুদা থেংনরুবা লম্বী অমগী মতুং ইন্না হেক্তা পর-পরপ চৎখি।

সত্যেন্দ্রনা ঈরোইহুনা ঈরুজবা যাম্না পাম্মী। মহাক্কী নৈফমদগী গঙ্গা লাপ্পা নত্তে, অয়াম্বদা মহাক জগন্নাথগী ঘাটতা ঈরুজবা লাকই।

ঙসি পুর্ণিমানি।

ঘাটতা মী য়াম্না ভীল্লি।

সত্যেন্দ্রনা গঙ্গাদবু লাক্লবদি উৎকল' ব্রাহ্মণ অমগী মফমদা অকংবা ফি-রোল শিন্নরম্নগী ঈশিংদা কুম্মী, মহাক অদুগী মনাক তাম্না লাকপদা অপনবা ফংহনা চপ লেপতুনা য়েংলকই, নুপা মরি-মঙ্গা মাইকৈ অমত্তদা য়েংহনা নৈরি। মখোয়গী মিংয়েং

মতুং ইমা য়েংলকপদা সত্যেন্দ্র ঙকপনা খম থেংনুনা নুংবংননা লেপতুনা লৈরে।

মহাক্না মপুক্কিংদা খল্লকই, অমুক্তদা ফজবা খিবিক্না তীনবা অসিগুম্বা শক্রমদি মহাক্না কৈদৌঙৈদম্বু নুপীগী মশাদা অমুক্তা উখিদ্রি। ফিজেৎতা মশাল অমুবনা চনবা অঙৌবা শাডী, মশা 'পুম্বদা লৈতেং অমত্তা পক্তে, খুউ লৈত্তানা কমহুনা চন্দন খিনহল্লি অমম্তুং মহাকমক্তা শকখঙনবা পাগুা অহুনা মপুক্কিং চংনা ফজবী অহুগী লাইবক্তা নাত্তোন্দা চন্দন খিনবিরি।

সত্যেন্দ্র ননাক্তা চংশিল্লক্তুনা লেপ্লরে। পাগুা অহুনা সত্যেন্দ্রগী মকমদগী মতিক চানা প্রণামী ফংই, অহুনা শকহেনবীগী থাজ মানবী মাইথোংগী থাগৎপা তোক্তুনা মখুত্তা পায়রিবা ছাঁপাহু হুন্দোকখ্রগা 'বাবুচৌব'গী অকংবা ফিগীদমক মখুৎ তিংথোরক্লে।

শকহেনবীহুগা সত্যেন্দ্রগা মিংচাম্নম্রে।

সত্যেন্দ্রনা পাগুাগী মখুত্তা ফিহু শং পীরম্লগা তফিং তফিং সিঁডি বুমথহুম্না ঈশিংদা বুমথগ্রে।

ঙসিদি মহাক ঈরোইদ্রে, কবিগুম্বা মঙং অমদা ঈকুজরগা মহাক ফি হোংগদবগী মথক্তা কাখৎলক্লে, মতম অহুদা চাংদম-নিংঙাই লৈতমা ফজবী অহু চৎখিরম্লে।

মুমিং চুম্না মহাক মপুক্কিংদা গঙ্গা গঙ্গা শোন্দুনদা লৈ, অহুগা মথংগী মুমিংত্তা মপুং ফাবা নোং ঙাত্রিঙৈদগী গঙ্গামাতাগী

লৌচিং অস্তুকী মতিক কনখ্রে মতুদি, মহাক অমুক পন্থনা ফিয়ানখোক্তগী ফি অমা চিংথবগা গঙ্গাযাত্রা তৌখ্রে।

ঘাট য়োরকপদা উরে, শকখঙদবী শকহেনবীতু হৌজিক্তা উৎজবা লোইদুনা মথক্তা কাখৎলক্রি।

সত্যেন্দ্র মশামবস্তু ঈকুজদুনা পাণ্ডাগী মনাক্তা চংলকপা মতম অদুদা হৌখিবা নুমিৎকী মতৌগুম ফজবীদুগী লাইবক্তা চন্দ্রনা নিংথিনা ঙৈহেংলম্লি। ঙসিস্তু মিৎক-মিৎকা মিৎচান্নখ্রে, ঙসিস্তু মহাক মশা ইপন্দা লোংশাং কুপখ্রে, মহাক কবিগুস্বা মঙং অমদা যি হেংলগা পত্র-পবপ চংখ্রে।

## অষ্টম

চৎথরা অহু নুংতিগী অমুক যাত্রা ঙনা ঙন্না গঙ্গাস্নান লাকই হায়রবা সত্যেন্দ্রনা ভাব তাবে। অস্তুক বুইবসি মবানি থেংনখিবা নৈমিদে, মতমগী অমত্তা ঙাকইরবা মবমদি—মকৌশাদি সত্যেন্দ্র মশামক খবা থেংনপ থেংনপ ঈকুজবা চংলি।

গঙ্গা তোর্বান্দা ঙসি তবেংনি অসি মবান্নি তত্তনা মিৎকা মিৎকা মিৎচান্নে, অতুবু, চিন্দদি রা ঙাংনদে। মতুগী দরকার লৈতবা ওইরম্বা য়াই। মরমদি, মিৎচান্নদুনা রারী শান্নরিবা

মফম অদুদদি খোঞ্জেল থোক্লা ব্রা ভাংবগী দরকার ওইদে। শকহেনবী অসি ওইনিংবা ওইজসনু, মহাক মিংনা ব্রা ভাংবগী শিক্ষা ফংলবীনি, অমস্তুং বিদ্যা অদুদা হৈ-শিংলবীনি, সত্যেন্দ্রগী পুক্নিংনা মহু থুপ্লবা থম্মোয়-মুংদা লৌশিজবা ভমগ্রে।

মোংমা ঈরুজরগা মহাক খরমখৈ মপুক্নিং ভরাং-তশোয়বগী মতৌগুম মাগী লৈফমদা হল্লক্নি, খঙহৌদনা মহাকী মনাকোংদা তারকই, "অদুক্তা ভাবিখো!"

মহাক্লা মমাই নোনথংতুনা য়েংবদা রেলরে লাইনগী ব্রাংমদা চন্দুরা অদু লেপতুনা লৈরম্বা উরে। মহাক্লা মখুং য়েংতা ঈশিং থম্না ব্রাউবা শেঞ্জেং-খুজাই মচা অমা অদুগা মখুং ওইদা অচোংপা কি পায়রি। মহাক্লা মঙক নোমহনা ইঙ্গিত তৌহনা কৌরকই।

সত্যেন্দ্রনা তুং-মাং হন্না য়েংলগা মনাক্তা চংশিন্দুনা লেপ্লরে, চন্দুরাহনা মঙোন্দা হায়জ-নোঞ্জবগী মিংয়েংনা য়েংলহনা খোঞ্জেল পিক্লা হায়রকই, "ঐগী মীনাই-নুপী ভসিদি লাক্লে, চানবিদুনা অসিরাই ফাওবদং থিনবিরবদি য়াম্না নুংভাইজগনি।"

নহালমখৈদি মহাক মীনাই নুপী লোয়নহনা লাকই, ভসিদি মতোমদনি। সত্যেন্দ্রগী মপুক্নিংদা নীংহন্নবা পৌক্লক্লে, থবক অদু অফবা নত্তে হায়না অমুক্তি থনম্ন খল্লকই, অদুবু মহাক্লা 'ভম্মোই' হায়দোকপস্তু ভমদ্রে।

চনুরা অহনা মহাক্না মপুক্লিংগী রাখল ভাবনা শারগা যোমোন নোক্লক্লে। মীনোক অসি হৈবা মখোয়হনা সংসারদা ফংভমদবা করিস্নু লৈতে।

সত্যেন্দ্রনা খুদক্তা "লেংলসি" হায়রগা মহাক্না মতুং ইল্লক্লে।

খোঙকাপ অহুম-মরিদং থাংদোক্লকপদা চনুরা অহনা অমুক ৰা ভাংলকই, মীনাই-নুবী নারে, অহনা মহাক লাকপা ভমদ্রিবনি, অহবু ঐস্নু গঙ্গাস্নান তৌদনা থক লৈঙমজদে— অদোমস্নু খঙজরে ফত্তবা হৈনবী অসি হৈনবিমাল্লে।"

সত্যেন্দ্রনা তপ্না তপ্না খুম্নকই, "অহোয়, ঐস্নু অয়াম্বদা গঙ্গাস্নান তৌজে।"

"লম অসিদা অদোম্বু কদায়দা লৈৰিবগে ?"

"চোববাগান্দা ঐ ভাডাদা লে।"

"ঐখোয়গী যুম জোডাসাকোদনি। ঐবু পাথুরেঘাটকী হাইজিনকম অহ ফাওবা থিনবিরম্নগা লম্বা অচৌবগী মতুং ইন্না চংপিখো।"

"মহন্না তৌবা তাই।"

ফনা কুইনা অমুক ৰা-লাং ভাংনদে। চিৎপুর রোড য়োরবদা চনুরা অহনা মতুং ওস্তোরক্লগা হায়রকই, "মনাক অসিদা যুম লৈরে— হৌজিক্তি চংচখিবা ভম্নগনি— নমস্কার।"

"নমস্কার," হায়রম্নগা সত্যেন্দ্র মরু লুকচাননা তফিং তফিং চংখ্রে।

নুমিৎ চুপ্পা অহুমা মহাক্কী থম্মোয়দা করিনো অমা তৌহুনদা লৈরম্মী, মহু রাহৈনা ইহুনা খঙহনবা ঙম্বা নত্তে। যৌবনগী মতমদা পঞ্চশরগী অহানবা লৈগী তেন্না পান্দুনা মৈচাক ফংলবা মহাক্কুদনা লৌশিনবা ঙমগনি, মহাক্কুদনা খঙবা ঙমগনি, নুমিৎ অদুদা মঙোন্দা কবি থোকখিবগে হায়রি। মীপুম খুদিংমরুদি খঙবা ঙম্বিরোই, ককন্থাওনবা করম্বা নেশা চুরবদি ঈশিং, কংফাল, অত্তিয়া, নুংশিং— পুম্নমক ইফদা ফজনা উবগে, জ্ঞান 'পুঙ্গা কমদৌনা মাংলগা মথরায় পান্দবা য়োংচাবী মচেৎ অমগী মাইকৈ অদোমদদা চিংশিনগদবগী ফর ফর হাইদুনা মতম চুপ্পদা ককন্থাওনদুনা লৈবগী পাংথক ওইবগে হায়বা।

মথংগী অযুক্তা সত্যেন্দ্রনা মীকপ থোক্কুনা হৌগংলকপদা উরে, নুমিৎ যনা কারম্লে। মৈচাক্কী ঈথক অমা মহাক্কী চবম যাওবা ঈহৌরম্লগা ঙস্থে, মহাক্কা মুন্না খঙলে, ঙসিগী নুমিৎ অসি তশেংনা অরেম্বা ওইবে।

মহাক্কা মাংদা মীনাই চংলনা উনদা তমথীনা ধমকা তৌদুনা হায়রকই, "হাই হৌন-খঙদবা, নুমিৎ অস্তুক কারবা ফাওবা হৌদোকনি খঙদত্রা ? চংথ্রো, নঙগী জবিমানা লুপা অমা লৈববনি।"

মীনাই অদু তিংঙক-মাইঙক্রনা য়েংদুনা লৈ।

সত্যেন্দ্র মফি হোংদনা মাইথোং মরা ইমুংদগী থোকখ্রে।

অসি হায়রগা মহাক্না অমুক জগৎ শুমহৎলবা মীনোক্না নোক্নগা মাং থাগৎখ্রে।

সত্যেন্দ্র তশেংনমক অশিবগী পাংথক ওইখ্রে, ফনা মীতেক-মীরৌ খঙগন্দবা, ফনা খঙলক-উরক্লিবস্থু ওইসনু, অমুক্তস্থু চিংনবা য়াবনি— পূন্নমক অসি করিনো হায়বা!

লক্ষ্মী চৎনা চৎনা চন্থরাহনা হায়রকই, "কদায়দা লৈ হায়বি-খিবনো, চোরবাগান্দা?"

সত্যেন্দ্রনা হায়রকই, "হোয।"

"মফমহুদা শুপ্নগী জুরানবা (চোর) শিংদমক লৈব্রা?"

সত্যেন্দ্রনা ঙক্লনা হায়রকই, "করিগীনো?"

"অদোয়দি জুরানবগী নিংথৌনি।"

অসি হায়রগা চন্থবাহনা হাইফেৎ মঙক লৈথোরপ ত্তৌহনা লোন্না নোকথোক্লগা অমুক থৌ ইশা শাদনা কাংঙগী খুচৎতা চৎলকই।

ঙসি নাকন্দা পাযরিবা খুজাই অতু থোইদোক্না চাউই, মতুগী মখুৎদা য়াউবিবা গঙ্গাজলনা জোরোক জোরোক—হায়বদি 'হো শুমহৎলবা— হো মিৎতাংবা পাখং! চেকশিঙ্জো। পূন্নমক ফাগীনি,' হায়রুনা চোংথৎ চোংথৎতুনা করেম্নরকই, অমুক্না চৈ-থাংলকই।

হাইজিনফম য়োশিল্লক্লবদা সত্যেন্দ্রনা চিংনবগা লোয়ননা হায়রকই, "গাড়ী ভাড়াতু—"

চনুরা অহনা মমাই ওনশিল্লক্লগা হায়রকই, "মহুবুদি অদোম্না পীবিখ্রে।"

সত্যেন্দ্রনা ইঙ্গিত অসি খঙবা ঙমদ্রহনা হংলকই, "ঐনা কমদোনা পীরিবা ?"

"ঐগী করি লেমহৌহনা অমুক পীখিগনি ! নৈজবা পূম্নমক অহদি নহাক্লা হুহনা লৌখিখ্রে।"

অসি হায়রগা মহাক্লা মিংকুপ্তা মমাই নৈখোক্লনা, ওইরম্বা য়াই, কৌনা নোক্লিংলকপগী ঈথক নমথনবা হোংনবা।

অসিগুম্বা অভিনয় সত্যেন্দ্রনা অমুক্তা উবক্লি, অহনা হুরানবগী ফজবা ইঙ্গিত অসিনা অকনবা নোংথাংগী মতৌগুম মহাক্কী চিংনবগী লাং পাকথোক-চাউথোকহল্লক্লনা খম্নোয়গী থুপবা কাচিন ফাওবা শিনখ্রে। মহাক্লা মিংকুপ্তা পায়কই, যোংনা লমজাও অসিমক্তদা ঙাঙানবা মখোঙ অনি অহুদা হাইদংতুনা তুজগে। অহবু থংনবা মিংকুপ্তা শাখীনা ঈকাইবনা মহাক অম্মুম্না মক্ল লুকথখ্রে মহদি, মহাক মমাই নোনখংতুনা চান্নখোইবাগী মাইথোংদা অমুক্তা ফাওবা য়েংলুবা ঙমদ্রে, তুম্মিন্না মক্ল লুক্তা তপ্না তপ্না চংখ্রে।

ফুটপাট অসোমদা মহাক্কী য়াথং মতুং ইন্না মীনাই নুপীনা ঙাইরম্মি, মনাক্তা চংশিল্লক্লগা হায়বকই, "ফরে ইবেম্মা, বাবু অহবু ককঙাওনহন্দুনা খল্লিবা করিগীনো ? হংনিংই, শেল-থুম খরদি পায়জবা ঙাংনিদনা ? পৈসা অনিদং চিংথোকপা ঙম্বিগনিদনা ?"

চন্দ্রাহনা যোক্তুনা হায়রকই, "মহুদি থজুনে, অহুবু পঙদা-ঙদানবা নুপাশিংবু মঙক্তা থৌরি থাংহনা কোইশিং ফিংবা ঐ মাম্মা নুংঙাইজে।"

মীনাই মুপী অহনম্বু হাইকেং চনিং তানা মোক্লগা হায়রকই, "মহু ফাওবম্বু ঙমগনি মহাক্তি। অহুবু হায়নিংবমখৈ হায়রবম্বু ইবেম্মা, উবদা নিংথৌমচা মাল্লি। মশাক ফজবগুম কুচুম্ব নিংখিজে। নখোয় অনি ওন্থোক্লা চামখ্রে, পোৎ অহুদি থম্মোয় শেংনা শীবা ভক্তিরোই, মহু হায়জখৌরিবসিনি।"

# মরি

অর্জুন-অহিংশিংনা তাকশিরম্মী, ওইথোক্লবা থৌদোক শিং-মক্তা উরকম্বু হায়দোক্লোইদবনি, মরমদি, জাম নৈজুনশিংনা থাজরোই। মরাল অসিমক্তনা মরাইবম থিরবা শ্রীমদ্ভ মীহাংশুং য়েংখি হাইত্রা করিনো!

মহু ওইনিংবা ওইজসমু, মসি য়াম্না চুম্লবা বাকম্রি, সত্যেন্দ্র হায়বা মুপাহু মুশিং অহদা মাগী নৈকমদা হল্লকগা টেনিসন শারম্মী অমসুং ডন জুয়ানগী বাঙলাদা অনুবাদ তৌবা কম্লম্মী।

অহুক চাউরবা পাখ.নি, অদুবু অমুক্তম্ম চিংনবা অসি মরিক অমত্তম্ম মহাক্কী থম্মোয়দা কাওরক্তে মদুদি, অয়ুক-নুংখিলগী মতমদবু সহরগী লম্বীদা ঘাটতা অসিগুম্বা অঙকপা মওংগী নুংশি-তেন কাপ্পা ওইথোকপ্রা, নত্রগা তেন অদুগী ঈচেলদা মশাবু তাউথহল্লবদা খুদোংচাগত্রা হায়বা।

নুমিৎ নিনিগী মতুংদা ঈরুজরগা ময়ুমদা হল্লকপা লম্বীদা পরিচয় খঙদবী অহনা খঙহৌদনা হায়রকই, "ঙরাং অহিং ভ্রামা য়েংবা চংলুই, সরলাগী অরাবা উবদা থম্মোয় কায়গদৌই— চুমত্রনে ?"

সত্যেন্দ্র সরলাগী প্লে য়েংদে, স্বর্ণলতা লাইরিক্কুদি পাখ্রে, তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "হোয়, অরাবা য়াম্মা নংহনা শিখি।"

চনুরাহনা নিংশা মপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, "ওঃ, কয়াদা ঙমথীবা ফংবা অরাবা! করে, সরলানা মপুরোইববু কয়াদা অহুক হাক্লা নুংশিজরিবা, অদুগা মাগী মতৈনা লৌবা মচেম্মদি মহু ঙমত্রিবা করিগীনো ?"

সত্যেন্দ্রনা শম্মা খুম্নকই, "হৈনবীনি।"

চনুরাহনা হায়রকই, "তশেংনা মহুমক্তি! নুংহোংবদি পুম্নমক্লা হোংনরিবনি, অদুবু মতৈ-মনাও খুদিংমক্লা অমনা অমবু মাম্ননা নুংশিবা ঙমগত্রা ? ঙম্রোই। মী কয়া লৈ, শিত্রিঙৈগী মমাং ফাওবা নুংশিবা হায়বসি করিনো হায়বা ফাওবা খঙজবা ঙমখিদবা। খঙলুমবা শক্তিহু মখোয়দা য়াউদে। উবিত্রা

ঈশৈ-জগোই ফমা নুংঙাইবা ওইদুনসু মী কযানা মথবায় য়াউনা তাবা হৈনদে, মী কয়ানা করিমত্তা পামলুদে— শুপ্লাম পামলুদে। মীনা মখোয় অদুবু য়ায়া থাগৎনৈ হায়বা য়াই, এদি নিন্দা তৌনিংই।"

সত্যেন্দ্রনা নোক্লুনা হায়রকই, "করিগীনো ?"

চন্দ্রনাথনা ইচং থৌবা খোঞ্জেলনা খুম্রকই, "মখোয় মী এক মীচম্থিনি হায়দুনা। মীরক-মীচম্থিগী গুণ খরমখে লৈরম্বসু য়াই, অদুবু দোযনা হেল্লি। সরলাদুগী মতৈ-ইবুংঙো অদুগী মতৌগুম,— নুপীগী অচুক ফনবা অত্যাচার অদুদসু মহাক্না শাউদে।"

সত্যেন্দ্র তুম্মিপ্না লৈ।

চন্দ্রনাথনা অমুক হায়রকই, "অদুগা মাগী নুপী প্রমদা হায়বী অদু মহা-ফত্তবী নুপীনি। ঐ ওইরম্রবদি হিংচাবী অদুগী মখোরি মেৎলমগদবনি।"

সত্যেন্দ্রনা নোক্লুনা হায়রকই,"ওইরম্রবদি করি তৌবিগদগে ? প্রমদা কৌবী ভশেংবমক্তি কনাস্নু লৈরমদে,— কবিগী কল্পনা—"

চন্দ্রনাথনা মরক থংতুনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি অদুম্না কল্পনা তৌরিবা করিগীনো ? ফরে, ময়াম্না হায়নরি, মীওইবা খুদিংমক্কী নুংদা ঈশ্বর লৈ, আত্মা লৈ, অদুবু প্রমদাগী লমচং উবদা থল্লুবা ঙমদে মদুদি, মাগী মশাদসু ঈশ্বর লৈ হায়বা। তশেংনা হায়রিবসিনি নত্তোন্দা, মশক নাইবশিংগী লাইরিক

পারগা, মীওইবনা য়াইফবকনি, মীওইববু মীওইবনা মুংশিরকনি, মহু নত্তে, অসিগুম্বা লাইরিক ইরম্মী মহুদি পাকবদা মীওইবগী মথক্তা মীওইবনা তুকচবা পোকই— মীওইবা থুদিংমকী মশাদা ঈশ্বরগী মন্দির লৈ হায়বা থাজবা ওমদে।"

সত্যেন্দ্রনা চঙকুহুনা মহাক্কী মাইথোংদা য়েংলদুনা হায়রকই, "নহাক খঙলে লাইরিক য়াম্না পারিনিনে?"

চন্দ্রবাহুনা হায়রকই,"ইংরেজীদি হৈত্তে, বাঙলাগী লাইরিক্তি থোরকপমখৈ ওম্না পাই। করি কবিগুম্বা নুমিংতা অহিং চুম্না পাই— লম্বী অচোবা য়োরক্রে— চংলুসিদনা ঐখোয়গী যুমদা, লৈবিবা লাইরিকশিংদু য়েংহনগে।"

সত্যেন্দ্র ওকপনা থেংত্রে, হায়রকই, "নখোয়গী য়ুমদা?"

"হোয়, ঐখোয়গী য়ুমদা— চংলুসি, চংতবা য়ারোইদৌনি নহাক।"

খঙহৌদনা সত্যেন্দ্রগী মাইথোং কাহংখ্রে, মহাক্তা চিংনবগা লোয়ননা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, ঈকাইজে—"

"ঈকাইনিংঙাই করিস্নু লৈত্তে— চংলুসি।"

"নত্তে নত্তে, ঙসি নত্তে— ঙসিদি তোক্লসি।"

অসি হায়রম্বগা সত্যেন্দ্র মশা তনিক্তা মখোঙ কম্না থাংদুনা চংখ্রে।

ঙগ্রি মহাক্কী পরিচয় খঙদবী মুংশি-লাইরেম্বী অদুগী মকমদা লৈবা থন্নুং য়োবা শ্রদ্ধাগী পোংলুম্না মহাক্কী খম্মোম্ব তনিক তনিকহনগ্রে।

## মঙা

অয়ুক্তা ঈশ্বরচন্দ্রগা সত্যেন্দ্র তপ্পা তপ্পা মাগী লৈফমদা হল্লক্লি। মহাক্কী মিংথেং শাম্মী, পীরাং থাংই।
ফাওবা মিংপান কংগ্রি।

ঙসি মরিনি শুগ্রে, পরিচয় খঙদবী চান্নথোইবী অদু মহাক্না উবা কংলক্লিবা— অদুগা মহাক গঙ্গাসান তৌবা লাকখিগ্রে।

অঙিয়া, পাতাল তুনা কয়া কয়া করিনো নুমিং মরিনিসি মহাক্না খল্লক্লি, মদুগী ঙমখৈ লৈতে। মরক মরক্তা অরাবা রাখল্ল অমা মাগী খম্মোম্বদা ফাওরকই, মহাক হিংলমদবা য়াই, নত্রগা শিবা য়ানা নারুষম্ব য়াই। কদায়া খঙগনি।

মহাক গলি অদুদি খঙই হায়রবা য়াই, অদুবু মদুদগী হেন্না করিম্ব খঙদে। কনাগী য়ুম, কদায়দা লৈবা, করিমত্তা খঙদে। খল্লুবদা অরাবা রাখলনা নীংঙম্রক্তদুনা খম্মোম চাক্লকই। করিগীনো মহাক্না নুমিং অদুদা চংলুপ্রিবা— করিগীনো অদুক চম্না হায়রবা অদুবু থোওইবিখিগ্রিবা?

মহাক্না তশেংনমক মুংশিরম্মী। মিংকী নেশা নত্তে, থম্মোয়গী শেংলবা ঈথৌ লাংবনি। মতুদা নমথাক-লৌনমগী মমি ফাওবা তারমদে, মতুদা লৈরিবা পুম্নমক অদু তশেংনমক মশাগী ওইজবা চেন্দবা, তশেংনমক শেংলবা, থম্মোয়গী মক্রুবা মুংশিবনি।

"বাবু!"

খংপ্রেক খগুদুনা সত্যেন্দ্রনা লৈদুনা য়েংলকই, মহাক অদুগা হেক হেক লোয়নরকপী মীনাই মুপী অদুনি, লম্বীগী চিদায়দা লেপত্তুনা লৈরি।

সত্যেন্দ্রনা ফিংনা মনাক্তা চংশিল্লগা খোঞ্জেল লুম্না হায়রকই, "করি তৌরবগে মাবু ?"

অসি হায়বমক্তদা মহাকী মমিংতগী মপী তারক্লে—থিংবা শুমত্রে।

মীনাই মুপীনা মকু লুকথদুনা নোক্লিংবা লোংলি, থোক হেক নোকথোকখিবা মাই হায়না কীদুনা ওইরমাল্লে মকু লুকথদুনা হায়রকই, "এখোয়-ইবেম্মা য়াম্না কন্না লারে, অদোম্বু উনিংই হায়জরকই।"

"চংসি" হায়দুনা সত্যেন্দ্রনা খুদক্তা মারগা মপী তৈথোক্লগা চংমিন্নরক্লে।

চংনা চংনা মহাক্না হংলকই, "করি লায়নানো ? য়াম্না হেঞ্জিলক্লরনে ?"

মীনাই নুপীনা হায়রকই, "নত্তে, মতুমক্তি নত্তে অহুবু কন্না নায়ে।"

সত্যেন্দ্রনা মপুক্নিংদা মখুৎ লোন্নরতুনা ভাবনা মরাইবক্তা শোক্লকই, অমুক হংলুদ্রে।

য়ুমময়া য়ৌরক্লবদা মহাক্না উরে, য়াম্না চাউবা য়ুম্নি, থোঙজিন মরাদা হিন্দুস্থানী থোঙঙাকপা অমা উইতুনা লৈ।

মহাক্না মীনাই নুপীদা হংলকই, "ঐনা চংলুবদা নখোয়গী ইবেম্মগী বাবানা শাউরক্লোইদনা? মহাক্নদি ঐবু শক খঙদে।"

মীনাই নুপীনা হায়রকই, "ঐখোয়-ইবেম্মগী মপা লৈত্রে, শুপ্রগী মমাদা ঙাইরে। ঐখোয়-ইবেম্মগী মতৌগুম মহাক্নস্মু অদোম্মু য়াম্না নুংশি।"

সত্যেন্দ্র অমুক করিমত্তা ব্রা মখা তাদনা ইমুংদা চংলক্লে।

সিঁডি কাখৎতুনা অহুমশুবা মরোলগী মাঙ্গোল য়ৌরকপদা থংনবা কা অহুম লৈ, মপালদগী খরমথৈ উবা ফংলিবা অদুদা খল্লকই, কাশিংদু নিংথিনা লৈতেংই। কাচিনগী কা অদুদগী হৌনা নোকপগা লোয়ননা তবলা অমস্মুং নুপুরগী মখোল তারি।

মীনাই নুপীনা হায়রকই, "কা অসিনি—লেংশিনসি।"

থোঙজিন ময়া য়ৌরক্লবদা মহাক্না মখুৎনা পর্দা হাইদোক্লগা খোজেল হৌরগা হায়রকই, "ঐখোয়-ইবেম্মা, সে লৌশিঞ্জরো মহাক্কী চামথোইবা।"

হৌনা নোকপা অমশুং চৱাংনবনা নিল্লক্লে। মমুংদা উরিবা অহুনা সত্যেন্দ্রগী মকোক 'পুম্বা মথক-মথা ওনপ্লে; মহাক্কী মপুক্লিংদা থল্লকই, খুদক্তা মহাক রাম্বুবগনি, করিগুম্বা মওং অমদা থোঙবা পায়হুনা মহাক মকম অহুমক্তদা মমিং উইশিন্দুনা থোঙ'থক্তা কমথপ্লে।

কা মমুংদা লৈমায়দা অথাবা গাদি-মোম্পাক মথক্তা ভদ্রলোকী ফিজেৎ শেংপা মুপা অনি-অহুম লৈ। মুপা অমনা হারমোনিয়ম, নুপা অমনা তবলা মাংদা থমহুনা ফম্লম্মী— অহুগা নুপা অমনা মথরায় তানা যু থক্লম্লি। অহুগা মহাক্তা? মহাক্তা হৌজিক্তা ভগোই শারম্বা মাল্লি; মথোঙ অনিদা নুপুর শিরি, লৈতেংনা মশা 'পুম্বা য়োম্লি— যুগী নেশানা ঙাংলবা মমিং অনি কুকেৎ কুকেৎ তৌরি, থোঙথাং কম্না মনাক্তা লাক্লগা সত্যেন্দ্রগী মখুং নাম্মা পায়হুনা থিক থিক নোক্লগা হায়রকই, "য়োগী শক্তি লায়না চেল্লবনে? নত্তে ভাই, তাং তৌশিন্নবন্নু হৌগংলো—মহুগুম্বহু ঐ য়াম্না কীজে।"

ইলেকট্রিক্তা শাথীনা চিংহুনা রাম্বুরবা মীনা মশা হাই-হুন্নকপা অহুগী মতৌগুম মহাক্কী খুৎনা শোকপদা সত্যেন্দ্রগী খোঙদগী তোন কাওবা মতু চু'প্লে।

চমুরাহুনা হায়রকই, "ঐগী ইমিং শ্রীমতী বিজলী কৌই— নহাক্কী মিংনা করিনো ভাই? অপঙজাওরা? অঙাওজাওরা?"

ময়াম কৌচনা হো হো নোক্লকপা মীনোক্কা ক্তীনক্লে, বিজলীগী মনাই নুপী অহু নোকপগী ঈথক্লা লৈমায়দা থরো থরো ওল্লক্লে—"ফাগী কয়াদা হৈগ্রবা ঐখোয়-ইবেম্মা নহাকসে।"

বিজলীনা শাউশিল্লবা খোজেলনা মঙোন্দা ধমকা তৌদুনা হায়রকই, "ক্তোকও, হেক্তিল্লকনু— লাকপিরো, হৌগৎলগা কম্বিররো।"

অসি হায়রগা মহাক্না সত্যেন্দ্রবু নমদুনা চিংদুনা পুশিল্লক্লগা চৌকি অমদা ফমহল্লে, অদুগা মখোঙ ময়াদা খুউ লৈত্তানা ফমগা মখুৎ লোন্নরগা হৌরকই—

আজু রজনী হাম, ভাগে পোহায়নু
পেখনু পিয়া মুখ-চন্দা।
জীবন যৌবন সফল করি মাননু
দশ-দিশ ভেল নিরদন্দা।
আজু মাঝু গেহ গেহ করি মাননু
আজু মাঝু দেহ ভেল দেহা।
আজু বিহি মোহে, অনুকূল হোয়ল
টুটল সবহু সন্দেহা।
পাঁচবাণ অব লাখবাণ হউ
মলয় পবন বহু মন্দা।
অব সো ন যবহু মরি পরিহোয়ত—
তবহুঁ মানব নিজ দেহা—

যু থক্লুনা লৈরম্বা মপা অহু হৌগৎলুনা লাক্লগা সত্যেন্দ্রগী মখোঙ মরাদা কুম্হনা থুক্লম্লে। মহাক নেশা পাঙ্লে, কপথোরক্লে, হায়রকই, "আজ্ঞা-ইবুংঙো, পাপ চেন্নবা ঐ—থুয়া-উম্ফুল থৱিজা—"

মরাইরক্তা স্বয়ম থোকউ তম্রম্বনা ওসি সত্যেন্দ্র ঊকুমরগা থুপা ফি শেংলকই।

হারমোনিয়ম থোংবা মপা অহুদি অক-কজা জ্ঞান থরমথৈ লৈ, মহাক্লা থামজিনবগী থোম্মোক্তা হায়রকই, "করিনীনো বাবুহুবু ওইরোইদবদা জোকর তাকরুবিত্রা?"

বিজলীনা নোক্লা নোক্লা হায়রকই, "এঃ, ওইরোইদৌরিবনি কমদোনা? মা তশেংনমক জোকর ওই হায়হুননি অমিগুম্বা হরাও-তরাম্বা থুমিংসিদা ইমুংদা পুশিলক্লুনা নখোয়গী কুম্মে য়েংহল্লরিবসি। করে, মীনম্রবদি য়ারোইদবনি অশিংবা, শেংনা শেংনা হায়রুদনা তাই, ঐবু নহাক্লা করিনি হায়বা থল্লম্বগে? মুংতিগী গঙ্গাস্নান তৌবা চংলি, মরম অহুনা ব্রাহ্মণস্থ নত্তে, মুসলমান-খৃষ্টানস্থ নত্তে। হিন্দু ইমুংগী মচাংবা থাক্তী থৈনে লকপী হুপীনি, মপুরোইবা লৈবীস্থ নত্তে, লুপ্রাবীস্থ নত্তে—অপাম্বা করি লৈহনা চৈথেং পীহনা চেনাথোল কংহল্লিবনো হায়রুদনা? লুহোংগনি হায়হুনরা, নত্রগা, তাওহন্দুনা হুবহনা পুগনি হায়হুনরা?"

ময়াম হৌনা নোক্লকই। অহুগী মচুংদা ময়াম পুম্না বারী করা শানরকই।

সত্যেন্দ্র অমুক্তুম্ মমাই নোনথংলক্তে, রা অমত্তম্ খুম্নক্তে। মহাক্কী মপুক্লিংদা করি খল্লিবগে, মহ্ কমদোনা তমগনি, অহুবু মহ্ তম্লগা কনানবু খঙবিগদগে?

বিজলীনা ওকচান্নবা খঙহৌদনা ফুক হৌগংলগা হায়রকই, "বাঃ, ওক্রুদো ঐসে! চংলো ক্যামা, থুনা চংলু— বাবুগী চাননবা লৌরুচো; ঈরুজরগা লেংলক্লিবনি— বাঃ, ঐসে শুপ্নগী কুম্মেদমক তৌহুনা লৈথোক্লে!"

ওাংনা ওাংনা মহাক্কী ওাইহাক্কী মমাংগী করেম-কথাইনবা খোঞ্জেল অহ্ তাং য়াউদবা নুংশিবা অনুতাপকা তগেংনা তীম্নগ্রে।

ওাইহাক লৈরগা মীনাই নুপীনা চানবা হাপ্পা পুখম অমা পুহুনা চংলক্লে।

বিজলীনা মহ্ লৌরগা অমুক খুউ লৈতানা ফমথরগা হায়রকই, "নোনথংপিরো, চাবিরো।"

ওসায়মথে সত্যেন্দ্রনা মশাগী লৈজবা শক্তি পুম্নমক পুল্লপ শিজিন্নহুনা মশাবু ফাখহুনা থম্লক্লিবনি, হন্দক্তি মমাই নোনথং-লক্লগা ইতপ তপ্না হায়রকই, "ঐ চাররোই।"

"করিগীনো? জাত তাগদ্রা? ঐ হাওীরা মুচিরা?"

সত্যেন্দ্রনা অহুম অতপ্পা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "অহ্ ওইরম্লবদি চারমগদবনি। অদোমদি মহ্ নত্তে, অহ্না—"

বিজলীনা থিক থিক নোক্লগা হায়রকই, "অপঙজাওবাবুস্থ ছুরি-ছোরা চালাইবা হৈবি খঙজরে।"

অসি হায়রগা মহাক্না অমুক নোক্লকই, অদুবু মহ মখোলদনি, নোকপা নত্তে, অদুবু কনানস্থ নোকপা অদুদা অমুক য়াউশিল্লুবা ঙমদ্রে।

সত্যেন্দ্রনা হায়রকই, "ঐগী মিং সত্যেন্দ্রনি, অপঙজাও নত্তে। ছুরি-ছোরানা চালাইবা ঐ কৈদৌঙৈদস্থ তম্লজ্ঞে, অদুবু, ইশাগী অশোয়বা খঙজরক্লবদা চুমথোকচবদি তম্লকই।"

বিজলীনা খুদক্কা করিনো খুমগে তৌরকই, অদুবু মহ নমথরগা মমৈথংদা হায়রকই, "ঐনা শোকপা চাররোইদ্রা?"

"চারোই।"

বিজলা হৌগংতুনা লেপ্লে। মহাকী করেম্নবা খোঙ্জেলদা হন্দক্তি অকনবা য়াঙাং তীল্লরে, নম-হাদুনা হায়রকই, "চাগনি। নঙোন্দা হায়হৌরিবসিনি, ঙসি নত্রবস্থ হয়েং, মহ নত্তগা ৺মিং নিনিগী মতুংদা ওইরবস্থ চাগনি নহাক্না!"

সত্যেন্দ্রনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "য়েংবিয়ু, শোয়বা হায়বসি মী পুম্নমক তৌনরিবনি। ঐগী অশোয়বদু কয়া চাউবগে হায়বদু ময়াম্না খঙনবিরবনি, অদুবু অদোমগীস্থ অশোয়বা লৈরে। ঙসিদা নত্তে, হয়েংমুকী মপোক্কস্থ ওইরোই— করিগুম্বা মতমদস্থ অদোম্না শোকপা চারোই। অয়াবা পীখিরো— ঐ চংচগ্রগে— অদোমগী নিংশা শোরদা ঐগী ঈ কংশিল্লক্লে।"

মহাক্কী মাইথোংদা উমথীনা তুকচবগী অদুক মরেক শেংনা মমি তারক্লে মহুদি, মহু মু-ঙাউবা অহুগী মিংথেংদগী কাওবা নাহোক্লে। মহাক্না মঙক হাইদুনা হায়রকই, "বিজলীবিবি, অরসিকেষু রসস্য নিবেদনম্! চংহনস্রো— চংহনস্রো— অদুকী হবাও-মুংঙাইবা 'পুম্বা মানা উং ওইহনস্রে।"

বিজলীনা পাউথুম পীদে, নুংবংনমা সত্যেন্দ্রগী মাইথোংদা যেংদুনা চপ লেপতুনা লৈ। থাঙ্গেৎশেংনমক মহাক্না শাথীনা শোয়প্রবনি। মহাক্নদি কল্পনা কাওবা তৌরিদে, অদুক মমাই পুঙমজদবা অর্তপ্পা মুপা অসিনা অপুম্না ঙাংলকপা ওমগনি হায়বা।

সত্যেন্দ্র কপ্ফম থাদোক্তুনা হৌগৎলক্লে। বিজলীনা খোজেল পিক্না হায়রকই, "ঙাইহাক্তগা কমথো।"

মুঙাওবদুনা তাদুনা লাউরকই,"উ হু হুঁ, অমুক্তং থাবদা মমা উগনি— চংহনস্রো— চংহনস্রো— থৌরি থাদোক-ও— থৌরি থাদোক-ও।"

সত্যেন্দ্র কা মমুংদগী মপালদা থোরক্লে; বিজলীনা মক্তুং ইমরক্লগা লপী থংদুনা তুম্মিন তুম্মিন হায়রকই, "মথোর উথিগঙ্গা হায়দুনা তৌবনি, অহু নক্কবদি থুং লোমদুনা হায়জরমগনি, ঐনা হায়্না লানস্রে—"

সত্যেন্দ্র অতোপ্পা মাইকৈদা মমাই ওহোক্তুনা তুম্মিনা লৈ।

বিজলীনা অমুক হায়রকই, "অসিদগী কাসি ঐগী লাইরিক শংলি। অমুক্তস্থ য়েংলরোইদ্রা। অমুক্তদি চংলুখিসি, ভাকপিয়ু হায়জরি।"

"নত্তে," হায়রগা সত্যেন্দ্র সিংহগী মচিন য়ৌনা লাক্লে।

বিজলীনা মতুং-ইন্নরহুনা হায়রকই, "হয়েং উরগদ্রা ?"

"উরোই।"

"কৈদৌঙৈদস্থ অমুক উররোইদ্রা ?"

"উররোই।"

কপ্লিংবনা বিজলীগী খোঞ্জেল কাক্লিরক্লে ; তিল য়োংথহুনা মনহুনা চরম শেংদোক্লগা হায়রকই, "ঐদি থাজবা ঙমদে, অমুক উররোই হায়বা। অহুবু মহু করিগুম্বা ওইদ্রবস্থ হায়য়ু, রাকম অসি ঐনা থাজগদ্রা ?"

খোঞ্জেল অসি তাবদা সত্যেন্দ্র ঙকখ্রে, অহুবু মুখিং তরামঙা-ভরাতকক্লি চুপ্পা অসি অহুগুম্বা অভিনয় উরক্লবা মহাকী মকমদদি মসি করিস্থ ওইনা লৌকম খোক্লে। অহুম ওইনমক মহাক মমাই ওনশিন্দুনা লেপ্লি। মাইথোং অহুগী মরিদা লেংদ্রবা থাজদবগী মখেক পাক্লবদা বিজলীগী খম্মোয় কায়খ্রে। অহুবু মহাক্লা করি তৌরুগদগে ? ওহোকপনি! ওহোকপনি! থাজহন্নবা উপায় পুম্নমক মহাক্লা উফুল-বাইফুলগুম মখুৎমক্লা ঙমজিংনা শিংতোকচখ্রে।

সত্যেন্দ্রনা হংলকই, "করি থাজখিগদগে ?"

বিজলীগী চিনবান লেংলকই, অদুবু খোঞ্জেলদি খোরক্লে। পীরাংনা থুমহৎলবা মমিং অনি অদুনা মিংকুপমুক্তং য়েংলম্লগা মরু লুকখক্রে।

সত্যেন্দ্রনা মহুস্থ উরে, অদুবু পী তাশিন্নবদি লৈত্রা?

বিজলীনা মমাই নোনখৎতনমক খঙলে, সত্যেন্দ্রনা ঙাইদুনা লৈরি; অদুবু মচিন কাংদুনা করিগুম্বা মওংদস্থ ঙাংখোকপা ঙমদ্রিবা বাক্ষম অদু হায়দোক্লিংবনা প্রোক প্রোক চাক্লক্কুনা মহাক্কী পুক-নুংগী মরিং-মরাং পূম্নমক কোইদৎপগুম্লক্লে।

মহাক্না নুংশিজরক্লি। নুংশিবা অদুগী মরিক অমত্তা ওইরবস্থ মহে য়ানবা ফংজননবা মহাক্না ফজবা শক্তী তুংনফম ওইরিবা হকচাং অসিবু শেগায়বা কিজেৎ অমগী মতৌগুম থাদোকপা ঙমগনি— অদুবু কনানা মদু থাজবিগনি! মহাক্কি দাগ লৈরবা আসামীনি! মরালগী খুদম কোটি কয়া মশা ’পুম্বদা তৈশিল্লগা বিচারপতিগী মাংদা লেপতুনা ঙসি কমদোনা মহাক্না মচিন্দা পীনগদগে, মরাল লংশিনবনা মহাক্কী কারবারনি হায়বা য়াই, অদুবু হন্দক্তি মহাক মরাল লৈতে।

অদুবু থিন্থরিবা অদুক্কী মতিক মহাক্না খঙজবা ঙম্নকই, বিচারপতিনা মহাক্কী ফাঁসিগী হুকুম পীননবা ক্ষমক্রে, অদুবু কমদোরগা মহাক্না মদু থিংগদগে?

সত্যেন্দ্র ঙপথবা ঙম্লক্লে; মহাক্না হায়রকই, “চৎলগে।”

বিজলী মহ্ন ফাওবদা মমাই নোনখৎচবা ওমদ্রে, অহ্নবু হন্দক্তি য়া ঙাংলকই। হায়রকই, "চৎলো, অহ্নবু ইরাল ফনা নৈরবস্নু এৈনা থাজরিবা রাকম অহ্ন থাজদহ্নুনা নহাক মরাল নৈবা মী ওইগনু। থাজো, মী খুদিংমকী হকচাংদা ঈশ্বর নৈ, অহ্নগা শিদ্রিবা ফাওবা হকচাং অহ্ন খাদোক্লুনা মহাক চৎতে।" ঙাইহাক লেপ্লগা হায়রকই, "মন্দির খুদিংমক্তা ঈশ্বরগী পূজা তৌদে হায়বা য়াই, অহ্নম ওইনমক মহাক ঈশ্বরনি। মাবু উবদা ওক নোনবা ওমদবা য়াই, অহ্নবু মাবু ফুদৎলম্নগা চৎপস্নু ওম্লোই।"

অসি হায়বগা খোঙথাং মখোল তাহ্নুনা মহাক্তা মমাই নোনখৎলকপদা উরে, সত্যেন্দ্র তপ্না তপ্না তুম্মিন্না চৎখ্রি।

স্বভাবকী মায়োক্তা য়ানিংদবা ইরাং হৌবদি য়াই, অহ্নবু মাবুদি হুন্দোকলুবা য়াবা নত্তে। নুপীগী হকচাংদা কয়া কয়া ওৎ-নৈবা য়াই, অহ্নবু নারীত্ববুদি য়াক্লদবা য়াদে।

বিজলী জগোয় শাবীনি, অহ্নম ওইনমক মহাক নুপীনি! মপুন্সিদা মরাল লিশিং লিশিং লংজরক্লবীনি, অহ্ন ওইরবস্নু মসি মাগী নুপী ওইবগী হকচাংনি।

পুং অমরোমগী মতুংদা মহাক কা অহ্নদা হল্লক্লে, মতম অহ্নদা মহাকী কলঙ্ক পক্লবা, তশ্মায় শিরবা নুপীগী প্রকৃতি অমুতনা শোকপদা মিৎকপ থোক্লুনা হৌগৎলক্লে। তেনগ্রবা

মতম অসিধক্কী মনুংদা মহাক্কী মশা 'পুম্বদা করিনো অঙকপা ফংনা পুমহোং হোংলম্লে, মহ্ন যুঙাওবা অহনা ফাওবা খঙবা ঙমগ্রে। মহাকমক্লা হায়রকই, "করিনো বাইজী, মিং পীনা চোংলিনা। সত্য, অঙাংহ্ন কয়াদা অনম কনগ্রবা, অসিগুম্বা পোং অসি ফাওবা নৈতোন ভংদে। পীরকউ পীরকউ, পুখমহ্ন ইনশিল্লকউদনা!"

ঙাংনা ঙাংবা মহাক মশামক্লা চিংশিল্লগা চাবা হৌরকই।

মহাক্কী বা অমা ফাওবা বিজলীগী মনাদা চংখিদ্রে।

খঙহৌদনা বিজলীনা মশাগী মখোঙদা মিংয়েং তাক্লবদা পুল্লিবা নুপুরনচিংবহনা কাজল্লীগী মঙৌগুম্না মম্না কাখোক্লনা চিক্লকপগুম তৌরক্লে, মহাক্লা হাথু হাথু মহ্নশিংহ্ন শং শং লৌখোক্লগা ছন্দোকগ্রে।

মুপা অমনা হায়রকই, "লৌখোক্লবোইরে?"

বিজলীনা মমাই নোনখংলগা নোককেং তৌনা হায়রকই, "অমুক শিররোই হায়রহনা।"

"হায়রবদি?"

"হায়রবদি, অমুক শিররোই। বাইজী শিগ্রে—"

যুঙাওবহ্ন সন্দেশ শাম্নরি। হায়রকই, "কম্নি লায়নাবা বাইজী?"

খাইজীনা অমুক নোক্লকই। মসি মীনোক অত্নি। নোকমি নোকমি তৌনা হায়রকই, "মৈ থাল্লগা অমত্না শিবা, মুমিং থোরক্লগা অহিং শিবা লায়না— ঙসি লায়না অত্নমক্লা নখোয়গী বাইজী মত্তম চুপ্লগী ওইনা শিগ্রে মরুপ।"

## তক্লক

চহি মরিগী মতুংগী বানি তমজরিবসি।

কলিকাতাগী অচৌবা যুম অমদা জমিদারগী মচানুপা চউখ্রি। চাব-থকপগী অচৌবা থৌদোক লোইশিনখ্রে। সন্ধ্যা মতুংদা যুমগী পাক-চাউরবা শুমাংদা ময়াম হূরাও-তয়াগ্না ভৌলি, জগোই-ঈশৈ তৌননবা শিন-লাংলি।

মচি অমদা জগোই শাবী অহুম-মরি কপ্নি— মখোয়না জগোই-ঈশৈ তৌগদৌরিবনি।

অনিশুবা মরোলগী মাক্লোল.গী রেলিং মরুমদা বাথারাগী মতোমদা কমহূনা মথাদা মী তীনবা য়েংলি।

নিমন্ত্রণ তৌখিবা মুপীশিং হৌজিক ফাওবা য়ৌনগ্রি।

মনা-মনিল নাইদনা লাক্লগা সত্যেন্দ্রনা হায়রকই, "অমুক নথরায় ভানা করি য়েংলিবনো হায়য়ুদনা?"

রাধারাণীনা মপুরোইবরোমদা ওনশিল্লগা মাইথোং মকা লাম্না হায়রকই, "ময়াম্না য়েংনরিবা অসি— বাইজীশিংগী ফিজেৎ-চাকশেং— অদুবু খঙহৌদনা নহাক মফম অসিদা?"

মপুরোইবনা নোক্লুনা পাউখুম পীরকই, "নথন্দা যমদুনা লৈ, অদুনা রারী খরা শাগে হায়দুনা লাক্লিবনি।"

"তঞ্জৈ্র!"

"অচুম্বনি! ফরে, য়েংউনে, হায়যু তাসি, মখোয়শিং অসিগী মরক্তগী করম্না খ্বাইদগী নপুক্লিং তাবগে?"

"অসিবু," হায়দুনা রাধারাণীনা মখুং থিন্দুনা ময়ামগী মতুংদা ফম্লিবী থোইদোক্লা চম্নবা ফিজেৎ শেংপী নুপী অমবু উৎলকই।

মপুরোইবনা হায়রকই, "মসি হাইফেং অনা-শক মাল্লি।"

"মদু ওইজসনু, মসিনা খ্বাইদগী হেন্না ফজে। অদুবু মরাইবক থিবী লাইরবীনি—লিক-কোল মখোয়গুম্না শিদে।"

সত্যেন্দ্রনা মঙক নোমদুনা হায়রকই, "মদু ওইরমগনি। অদুবু মখোয়গী দক্ষিণা কয়ানো খঙব্রা?"

"খঙদে।"

সত্যেন্দ্রনা মখুং থিন্দুনা উৎলদুনা হায়রকই, "মখোয় অনি অসিগীনা লুপা কুন্থ্রা কুন্থ্রানি, অসিমগীনা য়াম্খৈনি, অদুগা লাইরবীনি হায়রিবা মাগীনা লুপা চনিনি।"

রাধারাণী চঙক্লম্রে— "লুপা চনি। করিগীনো, মাবু ঈশৈ শকপা য়াম্না হৈত্রা ?"

"ইশামক্তি তাম্রি কৈদৌইঙদগ্নু। মীনা হায়রৈ, চহি মরি-মঙাগী মমাংদা য়াম্না নিংথিনা শক্লম্মী,— অদুবু, হৌজিক ঙমগত্রা ঙম্লোইদ্রা খঙদে।"

"অদুদি লুপা অদুক য়াম্না পীদুনা কৌরিবা করিগীনো ?"

"মদুদগী তারবদি মা লাক্রোই। মদু ফাওবদা লাকউ য়াদে, কন্না থেম্ন-নৌনরগা লাক্লিবনি।"

রাধারাণীনা থোইদোক হন্দোক্লা ঙক্লনা হায়রকই,"শেল পীবমক্রদা থেম্নরিবদি করিগীনো ?"

সত্যেন্দ্রনা মনাক্তা চৈ'কি অমা চিংশিন্দুনা ফম্লগা হায়রকই, "মদুগী অহানবা মরম্না মহাক শিনফম অদু থাদোকখ্রে। মাগী মগুণ ফনস্নু লৈজসনু, লুপা অদুক য়াম্না পীথোকপা কনানস্নু পামদে, মাস্নু চংত্রেদনা, মসিনি মাগী লৌশিং। অনিশুবা মরমদনা ঐ ইশাগী অনিংবা অমা লৈ।"

রা অসি রাধারাণীনা থাজবা ঙমদ্রে। অদুম ওইনমক খঙনিংনা মপুরোইবগী হকচাংগা থেংনা ফম্লগা হায়রকই, "নহাক্কী অনিংবদুদি থৌরেগ্নি! অদুবু মানা মশাগী শিনফম থাদোক্লিবা করিগীনো ?"

"তানিংব্রা ?"

"হোয়, তম্ম।"

সত্যেন্দ্রনা মিংকুপ অমরোম তুম্মিন্না লৈরগা হায়রকই, "মাগী মমিং বিজলী কৌই। মতম অমদা— অহৌবু শিদম্দি মী লাকপা য়াই য়াণী, ইমুংদা চংশিন্না ?"

"হোয়, চংসি।"

অসি হায়রগা রাধারাণী হোৌগংলরে।

মপুরোইবগী মখোঙ ময়াদা কমছুনা পূম্নমক তারগা রাধারাণীনা মফি ফিজিনা মপী তৈথোররে। মমৈথংদা হায়রকই, "অহৌনা ঙসি মঙোন্দা ঈকাইবা পীহৌনা লমন খুমগদৌরিব্রা ? লৌশিং অসি কনানা নঙোন্দা তাকপিরকপগে ?"

সোমদা সত্যেন্দ্রগী মিংন্সু কংবা নত্তে, কপ্লিংবনা চরমন্সু কুনগংলম্মী। মহাক্না হায়রকই, "ঈকাইবা পীবা হায়বা য়াই, অহৌবু মহৌ ঐথোয় অহুম নত্তনা অতৈ কনান্সু খঙবা ঙম্মোই। কনানন্সু ঙপথঙ খঙলোই।"

রাধারাণীনা পাউখুম পীদে। অমুক্তা মপী তৈথোরুগা মপালদা থোকপ্রে।

নিমন্ত্রণ কংবা ভদ্রলোকশিংনা সভা অহৌ চোম্না তীলে অমম্মুং মহাকী মাঙোলদা মুপী মমায়া ঙাংন-শরুবা পর্জেংগী শর্দা কাওদোরক্লুনা তারি।

অতৈ জগোই শাবীশিং শেম-শাবা লোইরে, অদুবু বিজলীদদি মতম অদু ফাওবা মক লুকখদুনা কমদুনা লৈরি। মহাক্কী মমিত্তগী মপী শিন্থৃরি। শাংলবা চহি মঙা চুপ্পা মহাক্না তানশিঞ্জখিবা শেল লোইশিল্লক্লে, অদুনা লৈত-লাইরগী চৈনানা উপায় লৈতদুনা মহাক্না রাশকুনা খাদোকখ্রবা শিনকম অদু অমুক হন্না পায়দবা য়াখিদ্রে।

অদুবু, মহাক মমাই নোনখৎতুনা লেপখৎপা ঙমদ্রি। শক খঙদবা নুপাশিংগী খোরাংলবা মিংয়েং-মাংদা মহাক্কী হকচাংদু অস্থুম্না নুংগী মতোগুম লুমগ্রে মদুদি, লেপ্পুবদা অরুদ্বা অদুনা ননথরকপদা মখোঙ মতেক মতেক তেক্কনি, মদু মহাক্না পুং অনিগী মমাংদদি কল্পনা ফাওবা তৌরমদে।

"অদোম্বু কৌরি।"

বিজলীনা মমাই নোনখৎতুনা য়েংলকই, মনাক্না চহি তরানিথোই-তরাহুমদোইগী নুপামচা অমা লেপতুনা লৈরম্মী।

নুপামচাদুনা মখক্কী মাঙ্গোলদা মখুৎ থিন্দুনা অমুক হন্না হায়রকই, "ইমানা অদোম্বু কৌরি।"

বিজলীনা থাজবা ঙমদ্রে। হংলকই, "কনানা ঐবু কৌরিবনো?"

"ইমানা কৌবনি।"

"নহাক কনানো?"

"ঐ সুমসিগী মীনাইদি।"

বিজলীনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "ঐবু নত্তে, নহাক চংলগা অমুক্তা হংলুখে।"

ঙাইহাক নৈরগা মুপামচাদুনা লাক্লগা হায়রকই, "অদোমগী মিং বিজলীনিদ্রা? অদোমুমক্তি কৌরিবসি, ঐনী ইতুং ইনবিরকউ, ইমা লেপতুনা নৈরি।"

"চৎসি," হায়রগা বিজলীনা মুপুর শং লৌখোকপ্রে, অদুগা মহাক্কী মতুং ইন্দুনা ইমুংদা চংলক্লে। মপুক্লিংদা খল্লকই, য়ুম্মুরেম্বীনা করিগুম্বা ভাকপিগদব। নৈরমগনি, অদুনা কৌরক্লিবনি।

তুক্কম কাগী খোঙজিন ময়াদা রাধারাণী মচানুপা পমদুনা লেপতুনা নৈরম্মী। হক্তানবা নীংহম্নবা খোঙথাংদা বিজলী মমাংদা চংলকুনা লেপ্লবমক্কুদা মহাক্কা মখুং পায়দুনা চিংশিন্দুনা কা মনুংদা পুশিল্লক্লে; অদুগা চৌকি অমদা নমদুনা কমহল্লগা মাইখোং মকা লায়া হায়রকই, "ইচে, শক খঙবা ঙম্মিত্রা?"

বিজলী ঙকপনা চময়প্রে।

রাধারাণীনা মথাদা পম্লিবা মচানুপাদু উংতুনা হায়রকই, "ননাও-নুপীবু শক খঙবা ঙম্মিত্রবসু ইচে, ঐ নুংঙাইতবা তৌদে; অদুবু মসিবু শক খঙবিত্রবদি তশেংনমক শাথীনা খৎনগনি।"

অসি হায়রগা মহাক মচিন খুঁমদুনা নোকম্মি নোকম্মি তৌরকই।

অসিগুম্বা মীনোক উরবদস্থু বিজলীনা অহুম ওইনয়ক বা ঙাংথোকপা ঙমল্লে।

অহুমনু মহাক্কী অমম্বা অত্তিয়া তপ্পা তপ্পা ময়েক শেংলক্লে। অমকপা লৈতনা কজরবা মমা ওইবীগী মাইথোংদগী থক্লোরক্লিবা মপ্তালনা নৈমিবা গুলাপকী মতোওুম্বা অতাং অহুগী মাইথোং অহুনা মহাক্কী মিংবেং থমল্লে।

রাধারাণী মূংবংনল্লে।

বিজলীনা মমিং কুপ্তবমথৈ য়েংলম্লগা থত্তহৌদনা ফুক চৌগংলগা মখুং অনি তিংথোক্লুনা অত্তাংদু মথাদা চেক্লেং কোন্দুনা পম্লগা মপী অর-র শিন্থরক্লে।

রাধারাণীনা হায়রকই, "ইচে, সমুদ্র নৈরগা মহুগী হুহুদং নশানা থক্লগা অমৃতহুদি ননাও-মুপী ঐভোন্দা পীবিরি। নহাকপু মুংশিক্লই হায়হুনমক্লি ঐনা মাবু ফংজরিবসি।"

সত্যোন্দ্রগী অপিকপা ফোটো অনা পায়থংলগা বিজলীনা মুম্না য়েংলকই ; মমাই নোনথংলক্লগা নোকফেং তৌনা হায়রকই, "হুগী হুমক অমৃতনিনে ইনাও। ঐগী শরুক থুংদবা নত্তে ইনাও। হু অহুমক্লা তমথীবা ফংনা পাপ চেল্লবী ঐবু অমর ওইহনবিরবনি।"

রাধারাণীনা বা অহুগী পাউথুম পীদনা হায়রকই, "উম্লগেরা ইচে ?"

বিজলীনা মিংকুপ অমরোম মমিং উইশিন্দুনা চপ য়ুংনা লৈরগা হায়রকই, "নত্তে ইনাও। চহি মরিগী মমাংদা মহাক্না লৈখা তারবী অসিবু মশক খঙলক্তুনা তমথীনা হঙোইহনা মমাই লৈহনা চংখিবা মুমিং অহুদা নাপল তৌনা হায়খি, অমুক উরগনি, নহাক অমুক হল্লকনি। অদুবু, শুসি উবা ফংলে, কয়িগীনো নাপল চাউবী ঐগী নাপলদু থুগায়খিবা! মহাক্না থুগায়রগা কমদৌনা অমুক শাগংপিখিবগে, মুনগ্রগা কমদৌনা অমুক পীবগে, রাফম অদু ঐঙোন্দগী হেন্না কনানসু খঙদে ইনাও!"

অসি হায়রগা মহাক্না অমুক নিংথিনা মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, "থন্দোয়গী মচাক্না ঈশ্বরবু নুংশি-হৈতবা তমথীবনি হায়হনা দোষ কয়া তৌখি, অদুবু হৌজিক উবা ফংলে, পাপ চেন্নবী অসিবু মহাক্না থৌজালবিরি। মাবু অমুক হল্লকহল্লম্নবদি ঐগী পুন্নমক মাং-তাক্লম্নগদবনি! মাবুসু ফ জররোই, ইশাবুসু মাংহল্লরমগদবনি!"

কপ্পিংবনা য়াধারাণীগী চরম ফুনগংলক্লে, মহাক রা অমত্তসু ডাংবা ডমত্রে।

বিজলীনা অমুক হন্না হায়রকই, "থল্লম্বী, কয়িগুম্বা উন্নবা থোক্লবদি মখোঙদা তুজহনা অমুক্তদি ঙাকপিয় হায়জহনা যেংগনি। অদুবু মদুগী অমুক দরকার লৈত্রে। ফোটো অসিদংদি

পীগু ইনাও— মপিগী হেনবা ঐ পামদে। পাম্নবগু ঈশ্বরনা মহ থাংওম্লোই— ঐ চংলে।"

অসি হায়রগা মহাক হৌগৎলক্লে।

রাধারাণীনা পীরংনা ফাজিল্লবা খোক্লেননা হায়রকই, "কৈদোউঙ্ অমুক উম্নগদগে ইচে?"

"অমুক উম্নরোই ইনাও। ঐগী খুম মচা অমা নৈ, মহ য়োম্থোক্লগা য়ারিবমখৈ থুনা চৎলগনি। ন্থংঙাইবা রানি, হায়বা ঙমগদ্রা ইনাও, করিগীনো ইখঙ খঙহৌদনা অম্মুক কুইরবগী তুংদা মহাক্না ঐবু নিংশিংবরক্লিবসি? মাগী মীনা ঐবু কৌরবা মতম অহৃদা করিগীনো মমিং থুপতুনা হায়গ্রিবা?"

ঈকাইবনা রাধারাণীগী মাইথোং ঙাংলক্লে, মহাক মরু লুকথহনা তুশ্মিন্না লৈখ্রে।

বিজলীনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই, "ঐনা খল্লিবসি চুম্নবা য়াই। ঐঙোন্দা ঈকাইবা পীগনি হায়হনা, নত্রা? মহ নত্তমদি অহক কন্না হোৎনহনা ঐবু লাকহন্নবগী অতোপ্পা করিগুম্বা মরম অমত্তা উদে।"

রাধারাণী অমুক হেন্না মরু লুকথখ্রে।

বিজলীনা নোক্লুনা হায়রকই, "নহাক্না ঈকাইনিংঙাই করি লৈ ইনাও? অহৃমদি ওইরগা মহাকী অশোয়বা লৈরে। মাগী থুম্না-থাদা ঐনা চাম্নরক হন্না থুক্লমজরকই হায়বা খঙহনবিরগা হায়বিয়ু, মহ ওইগদবা নত্তে। ঐহাক ইশাগীনি হায়বা করিসু

অমুক লৈত্রবনি। ঐঙোন্দা হুকাইব পীরবদি হুকাইবা পুম্নমক্তু মাগী মথক্তা নল্লগনি।"

"নমস্কার ইচে।"

"নমস্কার ইনাও। চহিদা ঐনা য়াম্না হল্লবক্স নঙোন্দা আশীর্বাদ তৌননবা অধিকারদি ঐগী লৈতে— ঐনা পুকচেল শেংনা প্রার্থনা তৌজরি ইনাও, নহাক্কী নখুত্তা জিরিবা খুমকা অসি অমাং অতা য়েংনবিদবা ওইসনু। চৎলে।"




...োইরবা